ꯏꯗꯨ ꯅꯤꯡꯊꯧ

# ইদু নিংথৌ

অরাম্বম ওংবী মেমচৌবী







অহানবা ফোংবা ঃ ২০০৫, শজিবু।

অফোঙবা ঃ অবাম্বম যোইমযাই
সগোলবন্দ মৈনো লৈবক, ইম্ফাল ৭৯৫০০১

মমল ঃ লুপা ৮৫/-

মখুম ঃ অইবা

নমফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টবস, কোনুং লম্পাক

# য়াওফম তাকপা

*ইদু নিংথৌ*

# সিংগাবৈগী সৈরেং

অদুম্না থাজব্রা নঙনা নদোম
লৈবাংদি লৈখোকতদা সাংপনি
অদুবু যেংঙু অঙনবা অযুক্কী
অমেঙবা কোবৌগী অঙাংবা মসেক্তা
অসংবা নাপীথক লিক্লাগী চুমথাং
ইঙৌ ঙৌনা চাযথবক্লিবা সিংগাবৈ
সাংকাযবতা ঙাযবিবা অনৌবা লৈকা
চাইথোবক্লিবা নুংসি-খোযথুম্না লৈনম
হুমগংলক্লেনে মলযা নুংসিৎ নামিবা
অযুক্কী মীৎম্না থম্বাল সাংকাযবকপদা
লাংবে রাবী লৈখোক লোযববা সিংগাবৈগী
শনববা নঙনা নদোম অবোইর্বনি মসিনা
নত্তে নত্তে হৌবদা ঙায়বিবনি পুন্সী
মপোক লাংঙোন লাংঙোনগী।

---

*সাহিত্য মে, ১৯৯৯ দা ফোংদোকখ্রবা।*

# সৈরেং অমা উমদুনা

সৈরেং অমা উমদুনা
অসুম চৎলি অসুম অসুম
সৈবেং অমা সৈবেং অমা উমদুনা।
অঙাওবা নুংসিৎনা হুম হুমদুনা হায়
পীবো ঐঙোন্দা চৎথ্রগে পুদুনা
হুম হুমদুনা লোযনাইদবা মালংদা।
পাক্র পাক্রবা ঈপাক ঈবেন্না হায
পীবো ঐঙোন্দা পীরো
হাপলগে ঈনোৎ অনৌবা
পুদুনা চৎথ্রগে মতম তোর্ব্বান্দা।
হাযবকই খাম্বী নহা মৈত্রেং'বাবা
পীবোনে ঐঙোন্দা চাকথেক্লুরগে
অকেন্ন অকং অমন অকায পুন্নমক।
অসুম মচৎলি অসুম
সৈবেং অমা উম উমদুনা

ইদু নিংথৌ

চোকথবা পোত্থাবা তৎপা লৈতনা।

হে মরুপ নুংসিবা

লৌবীয়ু নঙগীনি

নঙগীনি পুন্নমক।

# ইচা অপিকপা

নঙনা খেক খেক নোকপদা
তেংবান পুম্বা নোকলে
নঙনা খিং খিং চেনবদা
অতিয়া মালং থক-খা
ঈথক ঈপোম হৌরে
নঙনা কৌবদা 'মা-মা'
সুদ্রিবা অপিকপা নবোল
নুংসি-খোয়থুম্ন খোম্থাং
মাযকৈ পুম্বা নিনলে।
ইচা অপিকপা
ঐগী ইচা অপিকপা
ঐনা নঙবু নুংসিজৈ।

২৬।১১।৮৬

# লুম্বীনিগী লৈকোন

ভগবান বুধনা নোংমা
কদোমদগীনো ইখং খংহৌদনা
থুংলরে লুম্বীনিগী লৈকোন্দা।
সন্ধ্যাগৌরি মতমনি আর্তি
কৎচরে থবান মৈরা পরেংনা
নোংপোক থংবা অতিয়া মকোয়দা
কালেন থাগী থানিল থাজনা
হৈনৌবন মরুমদগী খুঁনিং কাংগাং
মূনা মূনা য়েং হংলকলে বাহং
'হে বুধ মতম ওইরব্রা।'

থাবলনা চাইথরবা য়োনিংথাগী নুমিদাংবাই
ইনখৎলকপগী মপুং ফারবী গোপা
লেপলরে পাম্বোম অনি তিংথোক
নুংসি-চান্ন-ওইন মীৎয়েংনা
হংলরে বাহং ঙরাংতগী মতৌগুম
'হে স্বামী মতম ওইদ্রিব্রা'।

খংপ্রেক খংখ্রে ভগবান
তপ্না তপ্না উইসিনখ্রে
পাংথোকলম্বা মীৎ অনি,
৮০ সুববা পুন্সী খোংনাংখোংদা
ধ্যান্দা লেংসিনখ্রে হন্ন মুক ভগবান
জগৎনা যেংনবকলে মীৎ কুপতনা
লেপখ্রে খোংচৎ সৌব জগৎকী।
লোযনাইদ্রবা অমমবনা
লোযনাইদনা সন্দোকলিবা
অমম-অঙানগী লাংদাইদা
মতু মমান ইপোন পোন
লেপলিবা থবায মঙামক
মিগা থাগা তক্কমক।
যেংলকলে ভগবান হংলকলে
ৱাহং, পাউখুম পীখ্রবা ৱাহং
খুম্বগী লোযবা নাইদ্রবা পাউখুম
হংবগী লোযবা নাইদ্রবা ৱাহং।
ইঙক ঙকখ্রে ভগবান
উইসিলম্বা মীৎ পাংথোক
লৈনা লৈনা যেংলক্রে।

অপিকপা অঙাংগী অহানবা মীৎয়েং
বাহং অমদি পাউখুম লৈত্রিবা মালেম
তরু তরু অনৌবা মীৎয়েং
তঙক তঙক যেংলক্রে।
সমুদ্র তরেৎকী সনাগী ঈথক
থেক থেকলবা ঈথক পরেংনা
লিসিং লিসিংদা ফুজিলক্রে
মরোল তরেৎ থুংনা চেল্লিবা
নুংসিৎকী তৎপা লৈত্রবা ঈচেল
সুর তরেৎকী খোম্থাংদা
সিৎকৎলক্রে তাংথক নাইদনা
নিংথৌ তুরেলনা লৈচিল ফিরুক হাং
মুক্তা-খুজোক খুজোক হৈথরক্রে।
লৈরাং সাথলি লৈরাং কেল্লি
খোইমু পাইরি লৈহি খোমলি
ডইহেনা লুমথরি থবায়না তাংজরি
উপালনা মংলি মালেমনা পোত্থাজরি
মীৎস্না থম্বাল পোমবোম
নুংগী অরোন মীৎয়েং, অপেন খোইরুম
জগৎপু সুমহৎলিবা ভগবান
অঙাং নবাগী তরুবা মীৎযেংদা

মোমোন নোকলক্লে গৌতম
মঙাল ফংলে ভগবান।
উরক্লে মাঙদা লুম্বীনিগী লৈকোন
কংবা নাইদ্রবা চোংবা নাইদ্রবা
সংদুনতা লৈরিবা উপাল অনি
মোমোন নোকলক্লে গৌতম
মঙাল ফংলে ভগবান
কুইরবগী তুংদা ফংজরে হন্ন'মুক সিদার্থ
মমা ইবেম্মা মায়া দেবীগী তম্পাক।

হে থবায় মঙামক
মিগা থানা তরুকমক
নহনফমদা হঞ্জীল্লরো
নতেফমদা তেসিল্লরো
মি মি মি
কু কু কু।

ইন্দু নিংথৌ

## ইজ্জৎ

সংসার জঙ্গলদা সায়াম চঙ
ফুলন দেবীগী ফিজি মুন
কুহাদগী ঈসিং সোকহন
ইজ্জৎ মাংলবনি ফুলন দেবী
ইজ্জৎ মাংলবনি সীমা বিসবাস
ইজ্জৎ মাংলবনি ভারতকী নুপী
ইজ্জৎ মাংখ্রবনি নুপী পুন্নমক।

নত্তে নত্তে
মাংলবনি ইজ্জৎ
ভারতকী নুপা পুন্নমক
মাংলবনি ইজ্জৎ
মালেমগী নুপা পুন্নমক
মাংলবনি ইজ্জৎ
লৈসেম্বা মপু ঈশ্বর নহাক্কী।

# মাদ্রি অমসুং পান্দু

নুমিদাংৱাই নুমিৎকী
কায়ন নুংসি মীচুপতা
ঙাঙম্নরে সংবাম্নবী
তগুপ তগুপ পাংথোরক্লে
তপীক তপীক পোমসাৎনবী পাবিজাৎ
নৈহি লোৎচবা ঙমলক্তবে
নৈনমদা ময়াই কাবে মালংবা
চিংদুনা সান্নববে মাদ্রিগী ফিজি।
অপোম্বী পুম্বা পোম্বা ঙমলক্লে
লোৎলম্বা য়েনিং ঙম্না খুমু হুন
মহৌসানা মহৌসাদা হঞ্জীঞবে
মীওইবনা সেমজবা সম্বলসিং
সম্বল অমগী মথংদা সম্বল
ফিবোল অমগী মথংদা ফিবোল
মিকুপতা ঙম্না উৎ উনখ্রে
ঙসি অহৌবা অমদি অবোইবা মিকুপতা

সাংকায়রক্রে পুন্সী লৈরাং লৈনুংসি।
কদায় মীকুপসিদা খংহৌদনা
যুগ কয়া উইসিন্দুনা লৈখ্রবা
পান্দুগী মিৎ অনিসু পাংথোরক্রে
অদুগা য়েংঙু উরক্রে
লৈরাংতনা থম্না সাৎলিবা
লৈহিনা নিক্লবা মাদ্রিগী হকচাং।
অমমবা মরোল মরোল হায়দোরক্রে
অসুক কুইনা সিরুবা হিংনা হিংনা
মিকুপসিদা উরকলে সিরগা হিংলুনবা।
অমম্বগী থাববা কুয়োম থিনগাইদুনা
কুপখিবা নোংথাং মিকুপ'মতনি
পুন্সী লিসাংসিৎনা থিরুবা
মিকুপতুদা উহৌরে লম্বী
পান্দুগী ঈনিক খুদিংদা
লোৎলিবা পান্দু লিসিং লিসিং।
দিকবিজয় পান্দুগী হকচাং তুখোং থুং
চেল্লকলে হন্না অথৌবগী লানঙম ঈ
মোমোন নোকলক্রে উরগা মাদ্রিবু
মহৌসাগী সক্তমদা ফংজবগা মাবু।

ওইগনি ঐগী লেংদনা
অসুক ফজবা মালেম
থাদোকলোই কৈদৌনুং
অসুক ফজবা পুন্সী
নৌনা নৌনা ফংজগনি
অসুক পাম্মুরবা হকচাং।

ইদু নিংথৌ

## নুপা অদো

নুপা অদো ফি তংখায সেৎ
ঙবোংদি অমতং নমদা কুপ
পোল্লবা পাববা সবান
চৈস্ন মচা অমতংগা
তপ্না অসুম অসুম চৎলি,
লেপ্না লৈত্রবা সোল্লবা খোংথাং
উযু-ন থাংলবা খুঙ্গংগী লম্বী
অকেনবা উনা বানাগী মথক
চাক্রবা লৈঙোয সেক্তা লান্দুনা
লাকঙমদ্রবা ঈপাক ঈবেনবু সম।
খুধাখাদা উফুললক্তা তাবিবা
অসোনবদি অতোনবগী মীৎলমদা
সাংনা তাবিবা মাগী খোঙ্গুল পবেং
অকনবগী অতিযা মালং নিকখি
মাগী অসোনবা খোংথাংগী খোঙ্খাংদা
অকনবগীদি মালেমসু নিঙখাযখি।

নুপা অদো চৈসু মচা অমতংগা
অসুম অসুম চৎলি
অসুম অসুম চৎখি।

ইদু নিংথৌ

# নোংমা

ঐগা মীৎচান্নবম্মী নোংমা
নুপা অমা মীৎ তাংলবা।
মাগী অহাংবা অমম্বা মীৎলুদা
ঐনা যেংলুবদা অসুম অসুম
অপিক অচৌ অৱাং-অনেম
ফজবা অথীবা অখা মীৎযেং
নুংসি মীনোক নোম্লকপা
নৎএগা নাপল
কদায কদায অমতসু তাবমদ্রে।
কবি মতৌনোনে সিবু
যেংলুই অমুক্কসু থিকই
মণ্ডালবু লোৎলিবা অমমবা
নুমিৎ থা থৱান মৈবা
তেংবান পুম্নবু লোৎলিবা অমমবা
অঙম অঙান খাযদোক্লিবা
লৈসেম নোংসেমদ্রিবা
মতিং পুম্না লোৎলিবা
অমমবগী অমমবা সিযোমনুং।
ঐগা মীৎচান্নবম্মী নোংমা
নুপা অমা মীৎ তাংলবা।

# ইমা চাক লাম্লে

অবাং নোংপোক ভারতকী
চীংলোন নাপোম পরেং পরেং
ফাইরেন চরুখোঙ্কী লবুকসিং
মথং মথং লৈহৌই লম্বীদা
মণিপুর নাগালেন্দ অসাম
ও ! ঐগী মরু কোকলবী অসাম
লাকঙমদ্রবা মোগলগী সক্তিবু
লাকখিবী থৌনাফবী অসাম।
রবীন্দ্রগী সনাগী বাংলা য়ৌবদা
উরকই ফাওবকই ইতোপ তোপ্প'মা
লৈনুংদগী চিংখৎলক্লিবা
ঈসিং পেরেগী ঈনিনদা
তারকই কনাগী খোম্থাংদা
অর তি তি
তপ্না তপ্না উবকই
লৈচেংগী লবুক্তা

*ইদু লিংথৌ*

লাঙ্গোল য়োংলম ফাং
সনপোং লাঙ্গোন মাঙদা থা
মরম থোকপা পাথৌদো।
মীংয়েংগী পঙথৈ পাথোক্কা
মংলিবা ফৌগী ফৌকোন
সংলিবা চা মনাগী ইংখোল
অসংবা অতিয়াবু সিঙন
মংলিবা হৈনৌগী হৈকোন
চোংখংলকপত ঙাযরিবা
চনাগী লবুক মাইবোংবীগী লম্পাক।
অসুক সেংবা অসুক ফজবা তুবেলবু
কনাগী লৈবাক্তা চেনবগে
অসুক লৈহাও লৈবা তম্পাক
কনাগী তোর্বান্দা খুন্দাবগে
কুমগী অমংবা নোংবু
কনানা অসুম্না ওক্নবগে
অসিরনে সনাগী মকুম কোকপী।
মহানদীবু লাকলিবী
ভগ্রা নঙ্গল দাম
রেল লম্বীদা গদ্রক গদ্রক
ময়াম লাংনবকই ষ্টেসন ষ্টেসন।

পোৎযোমদুগা ঙমবোই ঙমদবোই
কুমথজৈ জগৎ মপু জগনাথকী লমদম
সোব হোন্দোকে থৌরাংজৈ।
কদাই কদাই কদোমদগীনো
মমিৎ ঙাক্তা মযা ঙাক্তা
কুলি ময়াম হোৎচিল্লকই
তম্ফা যাইগুম মুন্নবৈ ঐবু।
কুলি মরক অদুদা
চহি নিপানগী মমা সাবী
চহি অমগী অঙাং
কংলবা সেগ্রাক্তা য়েপ
সকুগী খুৎ মচাদু তিংথোক
সুদবা খোঙ্থাংনা হায়রকই —
ইমা
ভিক্ষা হাপ্পু
চাক য়ান্না লামলে।

# মীরা নঙগী বৃন্দাবন

হৌগৎলু হৌগৎলু মীরা
হৌজিকপু করিগী কৃষ্ণপূজা
নবুংঙো লেঙলকলে লানফমদগী
থৌবাং লোযদ্রিব্রা বিজযমালা
লৈমসিজসিংগী তফিংবা খোংথাং
ঝনু ঝনু খোঞ্জেলগী সুব
থৌবাং লোইখ্রে হব্রা মহল
লানফমদগী চোকথনা হলক্লিবা বানা
হাযযু কনাগী মাযথোঙনা অব্রা পোথাহংগনি।
মথাই কাববা অহিংগী সম্লাংনা
লোৎখ্রে ঙসি জযপুর মহানগরী
কনানা সাযব কনানা সাযবী
জগোয সাবীসিংগী মকা ফোংদবা মীনোক
ইপোম হৌরবা জগোয পুঙলোন
অদুগা নঙনা কদাযদা
ম্লাকোনুংগী অচিকপা মন্দির

লৈমকোনগী ৱাংমদা মীচমসিংগা ভজন
চাখুম চৈগপকী মহুৎতা কুসি তামমি
ফিজু ফিজামগী মহুৎতা লৈ লেংবা
নয়ুম কোযবগী মহুৎতা
ভজন পবেং পরেং
নপুরোইবগী মহুৎতা কৃষ্ণপুজা
অদুদগীদি অদুদগীদি
হু তেংকোৎ লিন পোলাং।
রাজস্থানগী চাক্রবা লৈঙোয় নুংসিৎনা
মায়কৈ মরি মমসিনখ্রেনে মীরা
থোংলোন মরোন মরোন্না
চেৎনা লোনসিনখ্রবা মন্দিরনুংদা
মোমোন নোক্লি নিঙায়দনা
সংবান্নবা নুঙগী মুর্ত্তি।
হাযযু হৌজিক্তি কমদৌনি
থাদোকপা তারব্রা নরৈপাক
হুন্দোকলম্বা তারব্রা
পোক্লফম লমদম নুংসিবা
চাক্রবা লৈঙোয় সেক্ত থক্তা
সাংলবা খোঙ্গুল পরেংনা
নঙবু কৌরক্লে কৈদনো।

ইদু নিংথৌ

নত্তে নত্তে মীরা
খোংফম অমতা লেঙখিনু
নঙগী বৃন্দাবন নঙগী দ্বারিকা
পুন্নমক অদুদনিনে মীবা।

## সগোল অদো

ঐনা তোংনিংখি সগোল অদো
অঙাওবা নুংসিৎতা ঈথক হৌরিবা মসোং
হুমাং লৈরিক কা মতিক ফুদোক
উফুল থোক্না নেৎলিবা চেকসিল্লবা খোংথাং
নোম নোম হায়না হুমলিবা মমৈ চামোব।
মমিৎ অনিদো অমুবা মমিৎ অনিদো
করিনো অমা লিরগুম্মী অদুঙৈ য়েলহৌ বাবী
মতমগী লৈরোলনা ননসিনখ্রবা।

ঐনা থৌনিংখি সগোল অদো
অতিয়া মালেম অনিগী সমদাইনফম
লোয়নাইদনা সন্দোকলিবা মালেমগী মথা।
নোংমদি থাঙ্গৎপিরে ঐবু সযাংথক
হাপ্পীরে চুপলিসু ইখুৎতা
থাদোকপিরক্রে ঐখোয় অনিবু ঐখোয় অনিদ।

চুপলি অদো চেৎনা পায় নেৎলবদা সয়াং
খংহৌদনা ফাওরক্রে খংদবা মতিক অমা

লাক্লিবা পাঙ্গল অমা সাগী কয়াৎ থুং
সাথুপ্তনা নুংদা, লোৎনা থুপনা সাগী ময়াই
মাবু ইহান হান্না সাবিখিবা খুৎ অদুগী মতিক।
হংলকলে বাহং অহানবা খোংথাংদা—
কনানো নঙবু নতিক্তি করি লৈজরে
করি লৌসিংনা করি নথৌনানা
লাক্কদৌরি ঐবু?

ইথম্ভ ঙকই, ওহোক্লা ঙকই
কিরকই, ওহোক্লা কিরকই
মানা ঐবু কদায়দা
ঐনা মাবু কদায়দা!
লোংথাং কুপ্পগুম সুপ্পতগী মীকুপ্তু মক্তদা
লৈমাযথক্লা সরোক যাংবী থক্তা
মতিক থোক্লা থৌনাদুনা হুনথবিরম্লে
ইনম কুরোন হু উফুলথক্তা তাহৌবে ঐ।

হন্না অমুক য়েংখৎলুবদা
অঙাওবা নুংসিৎতা ঙাওরবা মমৈ মসোং
ময়াই কারবা খুমাং খুদুং
নোম নোম হৌ হৌ
লাক্লিবা মথৌনা মতিক

ও ! কয়াদ নিংথিবা।
মমিৎ অনিদুনা লিরি
অদুঙৈ য়েলহৌ বারী
মতমগী লৈরোন্মুংদগী।

## পোইরৈতোন খুন্থোক

হৌজিক্তি সিবা নত্তনা
লৈত্রে ঐখোয়গী লম্বী
অদুনা সিরসি মরুপ
সিরসি ঐখোয় সিরসি।
পন্থৌনা থম্বীরম্বা ঐখোয়গী
ইংখোল চাইগোয়নুং ফজবা
সেমলসি ঙসিদি পরেং পরেং
মোংফম পরেং পরেং।
ঐ ঐগী য়াইবী থবায়
ঐখোয় ঐখোয়গী থবায় নুংসিবী
ফিরৈনুংগী কিসি কিসিদা
পুনসিন্নসি চেৎনা চেৎনা
সিমিন্নখ্রসসি ঐখোয়গা পুন্না
হনমিন্নখ্রসি ঐখোয়গা পুন্না।
ঐখোয়না লাকখিবনি ঙসিগীদমক
ঙসি কোরৌ নোংগীদমক

# মেমচৌবী

খুম্থোবকখিবনি ঐখোযনা
সিঙপোৎ লাপোৎ সেম
চবা চেংজেন য়োম
হিংনা চাবা মরম চামা
মুন্না চাবা মবম চামা
অদুবু যেংঙু মকুপলোয
ঐখোযগী ঙসিদি মাঙদা
মীহাৎ থৌবিদা যাম্থদুনা
থবাক থবাক যান্দুনা
লৈবে যেংঙু মাঙদা
কোর্যাসিল্লদুনা ফিঙৌ মযামনা
তেংথাবদুনা হিক্রবা খোম্থাংদা
যৈবদুনা অসিবগী কিববা পুঙজাও।
লৈবক কোনসাং থুংনা চেম্থবি
মীযাম পবেং পবেং
পুন্সী পবেং পবেং
সকলদুনা অমন সিকুম লোন
পুবদুনা হযেংগীদমক
ঙসিগী অসিবা হকচাং
ঝাগী সগাযথক্তা ফিঙৌ কুপ

ইদু নিংথৌ

লৈতেংবীদুনা ঈখেংনা চোৎলবা
লৈবাং পবেং পবেং।
হৌজিক্তি সিবা নত্তুনা
লৈত্রে অমা ঐখোয়গী লম্বী
অদুনা সিরসি মরুপ
সিবসি ঐখোয় সিবসি।

# ঐঙোন্দা পীয়ু ঐগী ঙসি

তুরেনগী তোইরৈ তুথেক
হিদেন হিদেন পরেংদা
লম্বী লম্বীগী চিদায়দা
অনৌবা মোংফম পবেং পরেংনা
সাংনা সাংনা হিপলদুনা
বা মচেৎ মতা ঙাংনদনা
অহাংবা চফু চফু য়াল্লদুনা
অঙাংবনা ময়েক লারবা
স্লোগান পরেং পরেং য়ুংখৎলদুনা
রিলে হঙ্গার ষ্ট্রাইক চৎথরি।
ফাইরেনগী নুংশিৎনা হু হু
কুমগী নোংনা জম জম
কালেনগী কোরৌনা য়ক সাবদা
ফেৎ ফেৎ খাংজে অঙাংবা ময়েকসিং
লাওজে খোঞ্জেলদি থোক্তনা
ঐঙোন্দা পীয়ু ঐগী ঙসি
নঙোন্দা পীগে নঙগী হয়েং।

ইদু নিংথৌ

## ঐগী নুংসিবী মালেম

ঐনা পিকলিঙৈ
অসোম চিদায়দা সন্দোকখ্রিবা
অসংবা অমংবা চীংসাং পরেংসিং
অমুক্তসু চঙসিল্লুদে মনাক নক্না
চীংয়াংদুনা লেপতুনা য়েংজখি
যেংজখি তংতনা মীৎ কুপতনা।
তাম্না তাম্না সন্দোকখ্রিবা
পরেং পরেং হৈরাঙ্গোয পাম্বীসিং
মথং মথং অতিয়া য়ৌনা সন্দোকখ্রি
অসংবা অতিয়াগী জ্বাঙ্ভান্নরবা ফিগেনা
জন জন
চীংয়াং নাপোমসিংদুনা
সাখি লৈমা জগোয় কাউজদুনা মসাবু।
অদুদগী অমুক্ত উখিদ্রিবা
পাম্বা কৈরেন কৈজাওনা
অমুক্তা তাখিদ্রিবা খোল্লাওদা

## মেমচৌবী

খোংলকখি থক-খা নিন্না
ঐগী অপিকপা থম্মোয় থন্না
ও। ঐনা কয়াদ কিখিবা
অদুগা কযাদ লাংতক্লখিবা।
ঙসি ঐনা চাউব কাংদোঙ ফা
চাউব লেপতম ফাববদা
ও! পিকসিনখ্রেনে নেমসিনখ্রেনে
ঐগী মক কোকলবা চীংদুম পবেং।
অতিযানা চিদায় অমদা
ফমখ্রে তাসিন্দুনা তুমপক
কদায় অমতসু লৈরমদ্রে হৈরাঙ্গোয় পবেং
সাওরবা কোবৌনা খানা খানা য়েংলক
তনীক তনীকলে ঐগী মালেম
মালেম ঐগী নুংসিবী মালেম।

ইদু লিংথৌ

## বন্দ

কনানো তম্বা নহাসে
ঙসি লমতা থাংজগী অহিং
সবোই ঙাবোই ঐখোযনা
বন্দ কৌবা নুমিৎসিদা
থৌওই খ্রাওইদনা
সোবোক যাংবীথক
নিংঙাইদনা খোংদোই হুল্লিবা।
হন্না হন্না ইখ্রবনি
খববদা কাগজদা
কনা চংফবোই
কনা থোকফরোই
চংলম্বদি থোক্লবা মবন্নাইনি।
মান্নি মান্নি মরন্নাইনি
ঙসি অহিং স্লিবা চঙবা মরন্নাইনি
চঙনা হনফবোই চঙনা হনফবোই
যাইবী লৌগদবনি যাইবী লৌ

হাৎলো হাৎলো লোয়সিল্লো
সেম্বা লোয়সিন্দবা লম্বী চিদায়গী
সাবা লোয়সিন্দবা থোঙগী
সাবা হৌগৎলগা লেপখ্রবা
য়ুমসিংগী থোংগান্দা পৈরিবা
নুঙদুমসিং চেকতুমসিং পায়খৎলু
অফং অফংবনা থোমজিল্লু
লংসিল্লু থোমজিল্লু লংসিল্লু
সিদ্রিবরা হৌজিকফাওবা
হাৎতনা হাৎলদি সিনবা হাৎলু।
থুগায়বা মাংহনবা হাৎপা
অসিতনি লম্বী ঐখোয়গী
হায়য়ু হৌজিকপু করিনো
করিনো ঐখোয়না তৌগদবা
কদায়দনো ঐখোয়না হিংমীন্নগদবা।

## অচিকপদা

ইতোমতনি ঙসি অহিং চিক্লবা কাসিদা
ঐগা মিৎচান্নবম্বা নুমিদাংঋাইগী অতিযা
অহিংগী অমমবা সন্নাংনা লোৎসিনখ্রে
হাংলবা ফমুংনা মথন্তা তাসিন্দুনা তুমথখ্রে
থৱান মৈবাসিংগা সান্নমিন্নবম্বা
কোফিজাগী মোং হাদ্রবা ঈথক মপৈ
কবম্বা মিকুপ্তা উইথখিবা খংহৌদ্রে
ও। ঙাযজবা, ঋাবৌবা, ওইনবা পুন্নমকসু তুমথখ্রে।
অচিকপনা ঐবু কুইববগী তুংদা
ফংজবদুনা হন্না মপামবোমনুংদা
কোনসিলক্রে লাকঙমদ্রবা থম্মোযগী জ্বাবদা
অচিকপগী অহাংবা চিম্বান্না
ঐগী অইংবা চিম্বান্দা সোকলববদা
তিনসিনখ্রে তেংবান পুম্বা মঙোন্দা
যেংঙু কনানো যাকাইববে

মেমচৌবী

সকখণ্ডদবা মালেম অমা

হাংদোবক্লে থোংগান অমা খণ্ডদবা

লেপলবে কনানো অমা

চবে কোকখুন্না মায়থোঙ লুকলপ তৌ।

ভোপাল, ১৯৯৬

ইন্দু নিংথৌ

## কুইরবগী তুংদা

কুইববগী তুংদা
ঐগী পুন্সি বন্দীগী ৱাংমদা
উখিনে ঐনা তাম্না
ৱাওথবক্রবা মঙালগী মসেক অমতং
লৈথবক্রবা মঙালগী মমি অমতং।
উখিদে উখিদেনে মহাকপুদি
মঙাল সকওইবা
খংহৌদ্রে খংহৌদ্রেনে
তাংলৌসু কদায যৌখ্রবা।
লোযখিবা তাবব্রনে ঐবু
সবী ৱাসক ঙাকলমদনা
পুন্সি বন্দী সংলেন্সিদা।

জে. এন হোর্সপিতাল

## লূরবা ঈরোম্নুংদা

পুন্সিগী লূরবা ঈবোন্নুংদা
লংনা ঙাল্লিবা মুক্তাসিং
থাপনা উবদা কযাদ খোইরাংলুবা
চোংথদুনা খংনিংনা খোমগৎলুবদা
খৌরাংবা নত্তনা মৈচাক নত্তনা
ওইবমদ্রে অতৈ কবিসু।

ইদু নিংথৌ

## মোর্দন বুমন

হৌজিক্তি
লোৎনিংঙাই করিসু লেমহৌদ্রে
যুগ কয়া কয়া লোৎলক্লিবা
মৈচাক অসে মৈওক্লবদা
অসুম্না থোক্কনি কনানা খঙবগে
যেংঙু হৌজিক্তি কবিসু লেমহৌদ্রে
মৈচাকখাক্কী কিববা থিরবা সক্তমসি নত্তনা
অদুবু ঐ লেপলি কনাবুসু ইকায়দনা
ঐনি ভিসুভিযস, ভিসুভিয়স হায়বদো।

নেপলস, ২০০১

## সংবান্নবী

হে সংবান্নবী মেদিতবনিয়ান
নঙগী তাংথক নাইদ্রবা সংলবা নথা
লিরিবা নামিবদা সন্দোকলিবা সম্লাং
থোৎ নৌরবী পাম্বোম অনি
ইকায়থিবী লুরুক্কবী মীৎয়েং
হে ইখৌলাংবী মেদিতবনিযান
ঐনা নঙবু ফঙজবা ইতিক নত্তে
লৌরো ঐগী লেমহৌরিবা পুন্নমক।

সালে [illegible]ন, ২০০১

ইদু নিংথৌ

## অহিং

মংলাক্লগনি খঙলবসু
তুমদবা য়াদে ঐহাক্তি
মংলাক্লবা অদুদগী মিকপ থোকপা
মিকপ থোকপা অদুদগী মংলাক্লবা
ও ! বাকচিংগী অহিং কয়াদ সাংথ্রবা।

## অভিসাপ

নোংমা
থাজনা ইথাদা লোৎলববদা
থবানমিচাকসিংনা
মথং মথং কেল্লকখি পাম্বোমদা
অঙাওবা বঙ্গোপ সাগবনা
চিংথদুনা পুববদা ঈনুংবুং
কোংগ্রেং লিসিংনা মযা কাথোক
মুক্তাপবেংগী মৈবানা ওকলম্মী।
মিকপ থোবকপদা
থবগী মথানুংদা ফংজবম্মী ইসাবু
লৈঙোযগী তুবেন ওন্দুনা
চেন্থরুই ওন্না থোযনা
খঙদবা পম্বুং তমদুনা
মৈচাক পুম্বগা লোযননা।
মৈগী সোর হোন্দুনা লেপলিবী
মরুভুমীগী চীংসাং নাপোমসিং
কবি নরাননো নখোয়গী
অসুক থিবা অভিসাপ।

ইদু নিংথৌ

## চিদায়দা

যং যং যং

সিফাই গাবী পরেং পবেং

নোংমৈ চাদোন চীদোন

মী কুংলবা ই শ্ফালগী লম্বীদা

লৈডাং সেংপী চন্দন অমুবা থিনবী

খোদোক্কুনা ভুম্মীন্না লেপচৈ তাসিন্দুনা

চপলবা লম্বীগী চিদাযদা।

# নাকেন্থা

পুন্সি হাযবসি মঙ পবেং অমনি।
মনা পুন্নমক কংলদুনা কেনখ্রবা
অংগুব পাম্বীসিংনা চীংমায চীংমাযদা
মক লুকথদুনা তুম্মীন তুম্মীন্না লেপলি,
মখুৎ মসা তিংথোক্তুনা তেংথাবিবা
মরু মবা কোক্লবী এপল পাম্বীনা
লোযবোইবা লোযবী চীংযাং চীংযাংসিংদা
সাংলবা নিংথম উনগী নোংজুদা
মপি চদুম চদুম সিন্থনা কপলি।
অসিবা অচংবা অনিগী লংদাইঁদা
অকেনবা উনানা কুপলবী মালেম
মঙ মঙঙ্ভু পুন্সী, পুন্সী মঙখোনে মঙ।
পুন্সী হাযবসিদি মঙ পবেং অমনি।

ফাইর্বাগ, ২০০১

ইদু নিংথৌ

# কয়াদ নুংসিখ্রবা

ঐনা থিবশ্মীনে অহাংবা লমায
অমুক্ত ইর্খিদ্রবা লমায় অমা
কদায কদায অমতসু লৈবমদ্রে।
অা'পাৎ অসে তনিক তনিক
মাঙদা সন্দোক্লুনা লৈবে
কযাদ সংখ্রবা মেংনা
অদুগা কযা থোৎখ্রবা।
পিক থল্লবা যুগী পাত্র
মংলে মৈবিদা তনির্ক্লি।
কেলকপদা মঙাযবিবা
সনা মচুগী উনাসিংনা
মথাং মথাং কেনজর্বক্লি।
ও। পুন্সী
নঙসে কযাদ নুংসিখ্রবা
অদুগা কযা পাম্মুখ্রবা।

জুনিক, ২০০১

# য়ুগী পাত্র

পুন্সীদি পাথোক্লবা য়ুগী পাত্রনি
থক্ল থক্লগা হেন্না খৌরাংবা
অদুনা থকলসি মকপ পেন্না।
হৈবিরো মকপ অবোইবা যাউম
মপোক অসিমা মপুং ফাবগদবা
অমুক হন্না খৌরাংলবোইদবা
মৈচাক পুম্বসে মুৎচদুনা
ফংজরগদবা মুক্তিগী যাউম।
পুন্সীদি পাথোক্লবা য়ুগী পাত্রনি
থক্ল থক্লগা হেন্না খৌবাংবা
অদুনা থকলসি মরুপ পেন্না।

ইদু নিংথৌ

## তমথ্রবা

লাইবক অসিদা তমথ্রবা
লাঙ্গোকহৈদ্রবা লমদাং অমগীদমক
লাকলিবরা মহাকপু লমলানবা মরুপলোয়
খুন্তাক লাপ্পিরবা থোঙ্গাল অসিদা।
থারেপ অসিবু কন্নাগী করিগীদমকনো
কন্নাদসু করি ইনগীৎ অমতসু উৎলমদনা।
হৌজিক্তি পোত্থাবা মতমনি
লংথোকলমদুনা পুন্নমক
করিবু কান্নবিবগে তান্নরুবগী মখোয়সিংদু
মখোয়তবু তান্ন তান্ন কমলাক কুরু সুংলক্লে।
লৈমায় অসিদা তিনসিন্ননিংলে অমত ওইরুনবা
মৈচাক পুম্বা নঙ্গো থাদুনা অরোইবা ওইনা।
তাঙ্গোয় তারবা থুম অসি লৈজহৌরসনু ইংনা।

# ইদু নিংথৌ

নোংমা
নুমিৎ তাদ্রবা বৃতিস সম্রাজনা
অরৈবা পাঙ্গল খোমজিন্দুনা
নঙবু থুগায়খি মচেৎ তানা
কংলা সা, ও! ঐগী কংলা সা।
মচেৎসিংদো থরো থরো ওন
খাংলক্নি কুমজা অসুক সাং।
চহি চাম্মগী অমমবা ইতিহাস
মীনাই নাইথাংগী আইন লোইসং
সহিদসিংগী সেংলবা ঈখেংলক্তা
ঙসি করি থোক্লরে।
খংহৌদনা ফাওগৎলকখি কংলা সা
অনৌবা সাদোং অনৌবা ঈ অনৌবা থৌনা
পাঙ্গল থেক্না ময়াই কানা
খোংলকই খেকলকই
খুমাং অনি হোং মমৈনা মালেম ফু

সারাক তমলিবা কংলাসা
কংলাসা কংলাসা।
রো রো ইদুনিংথৌ
থেঙ্গৌ সারো থেঙ্গৌ
সারো লৈসেম-লৈতাই থেঙ্গৌ।

লমলেন হৌঙৌগী পোইরৈ হৌঙৌগী
লৈয়গা সেমঙৌগী কোললো।
নবুথৌ চীংঙু অবাংবগা
নবেনথৌ কোরৌ অবাংবীগা
ঔরি থাংদা উঙাম থাংদা
লিতোন বায়না কোন্নরমএ।
হংকেল কোল্লো
হংকেল কোল্লো
হংকেল কোল্লো।

১৮ জুন, ২০০১

# থম্বাল ওইরিঙৈ

ঐনা থম্বাল ওইরিঙৈ
ইথম্ভগী ইমিদা ঙাওজদুনা
খেঞ্জোং মরুমদা মঙজখি মঙ
কয়াদ ফজখিবা ঈসিংদা তাবা ইমি।
ঙসিদি মিকপ থোক্লে
কালেন অতিয়াগী মকোয়দা
মমিৎ লিসিংগী কোরৌ মৈসাদা।
হৌজিক্তি ইমায় লোংখৎতুনা নঙোন্দা
নুমিৎলৈ ঐগী ইমিৎ লিসিংগা
সিংনদুনা মিৎচান্নবা তারবনি মীৎ কুপ্তনা।
নাকেন্থা ওইরবদা অকেন উনা ওইদুনা
অসুম কেলকলি অমগী মথংদা অমা
খোংচৎ অমগী পঙখৈ
য়েংঙু কয়াদা ইংলবা।

ইদু নিংথৌ

## ঐগী ছাতিন

ইন্না বেম্মা
হকচাং মচুসি ওইনা লৌবো
মসিনা লেমই
মহাক্কী চহি লোঙ্গাগী
থাযনগী মরুপকী ইচন
অবংবা মচুদগী অরেম্বদা নৈসিলক্রবা
থেংনখি নোংমা ছাতিন যোনফমদা
ছাতিন য়োনবী ওইনা।
ঐনা খুমখিদে য়েংদ মযেংই
য়েংই ঐনা তথক তথক
লিক্লি উপু থুংনা
মচু মচু মওং মওং
কয়াদ ফজবা।
মহাকসু লৈ ভুম্মীন্না ইংনা
কদায়দা করিবু যেংলিবা!

# মেমচৌবী

ইচন্না অতোপ্পা অবৈবা'মদা
মীৎযেং পুক্লীং পীথ্রবদা
তুম্মীন্না তপ্না হাযবকই —
যেংঙউ অসে মচুসিংসে
খল্লো খ্বাইদগী ফজবা
নঙনা খ্বাইদগী পামজবা।
থংহৌদনা নোংসু চুথবকখি
চুমথাংগী ছাতিন্দু খন্দোক্লুনা
হলকমীন্নখি তুপমীনদুনা
নুমিদাংৱাইগী মীনা পাথোক্লবা লম্বীদা
মীবক খাযদুনা ঐখোয অনিদ
মহুমদগী অহানবা পাইথোবকপা
খুনু জ্বাগুম পুক্লীং যাংনা
কযাও ফজখিবা ঐগী ছাতিন।

ওক্তোবর, ২০০২

ইদু নিংথৌ

# অসোনবা নওদি

অসোনবা নওদি তুম্মীন্না
তুমীন তুমীন অদুম মইল্লু
নওশুম্বা পাওদবা কযানা
চৎখ্রবা লম্বীসিংদা হঞ্জীন হঞ্জীন
নওক অদু নোনথদুনা
নামৎ অনিদু যেংথদুনা
চৎলু চৎলু অদুম মচৎলু।
লম্বীদুগী অবোইবদা
ঙাযবমগনি নহাকপু
খঙলবা পম্বুং অদুনা
কবি লৈগনি লাংতক্নবা
চৎলু চৎলু অদুম মচৎলু
তপ্না তপ্না ইংনা তন্না
মদুনা পুঞ্জীনি নওগীদি।

# শ্রধাঞ্জলি

*(কবি নবকান্ত বরুয়ানা লৈখিদবা নুমিৎতা)*

মরুপকী অচম্বা মায়থোং
মোমোন মোমোন নোক্নুনা
ফোং ফোং সারবা
খুৎ অদুনা মীনুংসিগী
ঐগী খুৎপু লৌখৎখি
"নঙবু কদায়দগীনো"?
ঐগী ফনেক্কী থাজবদা
ফাগী তৌদুনা খুমখি
"অওইবগী খঙদ্রনে"?
"খঙইদ, মণিপুরদগীনি"।
নহা মচাগুম হরাউ হরাউ
নুমিদাংবাই অদুদা
মী চিল্লবা কা অদুদা
ঐগী ইনাক্তা ফমলখি

মহৌসাগী অরিবা মরুপকুম।
খুৎ থিন্দুনা তাকই অসোমদা
"মহাক ঐগী ইবেম্মনি"।
অহল মতম ওইরবী
ঐগী ইবেনগুম্বী অমা
লৈবাকমচা তানা লেমলবী
মকা লামনা নোকলকই।
মাগী মাযথোং উবদা খঙলকই
ঐগী নাক্তা ফমলিবা মাগী চহি
অদুবু থংনবা মীকুপ্তা মদু কাউখি
(মাগী মপাঙ্থোংগী মীনম্বা চহি।)
পুক্নিদা অমুক্তা মঙ মঙখিদ্রিবা
মীনুংসিনা থল্লবা মায়থোং
তবাম্বা মতৌ নুংসিবা নাওং
অবোংপা লৈত্রবা অচম্বা মীনোক
খেনবা পুম্বাগী য়াংমদা
চহিগী জাতিগী লোনগী।
মহাক্না হংখিদে ইমিং ইথা
ঐনসু হংলুদে মঙোন্দা
খলম্বা যাই মদু মীনম্বনি
মপাঙ্থোংগী মসক মমিং।

ওইবম্বা যাই নঙনা ঙসি
ইখং খংহৌদনা চৎখিবসি
মপাঙ্খোংগী অচৌবা মীনম্বা অমা।
ওইবসনু মদু মীনম্বা
থম্মোযদা থনমলিবা নসক অসিনা
ওইবসনু মতম চুপ্পগী অচুম্বা।

# য়ুম

মায়থিদুনা তারবা
অসিবা লাম্মীসিং অসিগী মথক্তা
করিবু কান্নরুখিদগে অমুক
হঙ্জীন হঙ্জীন লাঙ্জংলুদুনা
হুন্দোকলমলো লানফম অসি
নুমিৎনা লৈথদ্রিঙৈ চৎলসি য়ুমদা
ইংলবা চিক্লবা নুংসিববা ইয়ুমনা
উচান থাংমৈ থাল্লদুনা অবাপ্পদা
কুমজা কয়া কুইরবনো ঙায়রিবা
কুইনা চৎপিদ্রবা নাবক মোংসোংনা
লোৎসিনখ্রবা ইযুমগী লম্বীদো
উফুল মরোল মরোলনা কুপসিনখ্রবা
অদুঙৈগী খোঙ্গুল পবেংগী লম্বীদুদা
হল্লসি মরুপ অমুক হন্না
খোয়খা লিনখা থানরগুমসি
অঙাং ওইবিঙৈগী নুংশিরবা ইয়ুমদা
অমুক পুন্না সান্নমীন্নরুরসি।

## পোলোয়সিদা

অসুক কুইববা মতম অমা
সাকুবে নঙগী নুংসিবী
ওইকুবে নঙগী পাম্মুবী
কবিবু ফংলবগে পোলোযসিদা।
হে নোংমাযজীং
ছন্দোকলমদুনা নঙবু
থাংলকলে খোংথাং অমদা
খঙদবা লমদমগী মাযকৈদা
অদুগা কবিগীনো নঙনা
অসুম ইবেং লেংদনা
লেপলমলিবা ইতুংসিদা।
নঙনা ঐবু ঐ ওইহনখিব্রা
ঐনা নঙবু নঙ ওইহনখিব্রা
মদু কবম্না কনানা খঙগদগে।
অদুবু যেংঙু
নঙগী অভিসাপ অদুগা পুইন্যা

ওইহৌরে ঐগীসু পুন্নমক।
নুমিৎ থোক্লিবা নঙগী লাইবক্তা
নোংমদি সোয়দনা নোঙল্লিখিগনি
কৌরৌ মসেক লিসিং লিসিংনা।
অদুবু য়েংঙু ঙসিগী
অমমবা অহিংসিদা করি ওইবরে
ঙমগদ্রা হিংবা ঐহাক্না
অমমবা অসিবু ছন্দোক্লুনা
অনৌবা মপোক অমদা।
অদুগা
নঙগী অমুবা মমিসিবু
কয়াদ কিখ্রবা ঐনা।
ওইবা তারব্রা ঙসিদি
অমমবা অসে ঐগী
পুক্নী খোঙলোয় লেঙদ্রবা
ঐগী মোঙফমগী লম্বীদা।

# নঙোন্দা

য়েক্লবা চামা চামগী
থারবা লূমলবা খোংপাক্লা
নেৎথন্দুনা হন্না হন্না
ফুমজিনখি নঙবু লৈরোম্নুংদা
কয়ারক হন্না মুৎথৎখি নমিং
সনাগী মুৎলরোইদবা ময়েক্লা
ইরিবা চেনা খুদিং
অনৌবা মণিপুর ইতিহাসকী।
নাকোং মেনসিন্দুনা খাংখি
সক্লিবা নঙগী ঈসৈদা
নিংতম-ঈসৈঃ লৌমীগী, সিন্মীগী
নুপীগী অদুগা নরৈপাক্কী
নাকোং মেনসিন্দুনা খাংলি
নিংতম্ববু অখুবা অপিকপা মীৎয়েংনি হায়না
হন্না হন্না ৰাহন পিরিবা
নিংতম্বা হায়বা ৰাহে অসিবু
য়েনমৌনরবা ওইওইনরবসিং।

## ইদু নিংথৌ

কয়াদ কিরিবা মখোয়না
নিঙখায়খিগনি হায়বগী
য়েরুবগী জেলগী চেকপন
কয়াদ কিরিবনো মখোয়না
মখোংদগী য়োৎহিলঙ তৎখিগনি হায়বগী।
অদুবু য়েংঙু লাওনে
কবম্বা কনাগী যাদুনো
নৈকা অমতসু খুইথদ্রিনে
নৈনম অমতসু মাঙদ্রিনে
নঙগী ইমাগী পুজা
মতম চুপ্পগী পুজা
মমাগীদমক মচানা কৎচবা
মচাগী ঈ মরিক অমদি
পি মরিক্না চোৎলবা।

ঙম্বগে কনানা অসিগুম্বা পুজা
নঙতনি নঙতনি হে ইরাবত
নঙোন্দা ঙসি কৎচরি
সুপন্তগী পি মরিক অমতং।

তেম্থা ৩০/৯/০২

# অমম্বা

অমম্বা মবোল মবোল
হাযদোক হাযদোকলগা
যেংঙু ঙসিদি অমম্বদা
অমম্বনা ঙানথোইববে
সনা ফিগে সাথেক অহুম।
থুপলবা সুবগী ঈচেলনা তাউথোবক্রি
লোযনাইদনা সন্দোক্লিবা অহাংবদা।
হাংলবা পুক্সী পাত্র অসিদা
হৈবীববোনে হু
হু তেক্কোৎ অদুতগী তুংদা
ফংজখিবনি নঙতবু
বাজপুত নিঙোল লাইবক চাউবী।
থকলগে পেন্না থুমলবা পুক্সী হু
মাংহনবীখ্রো তিলহনবীদুনা অমম্বদা।

ইদু লিংথৌ

## অহাঙবা চফু

ইখুৎতগী অহাঙবা চফু
মুন্দুনা থুগায়নবগী হক
নখোয়গী নত্তে।
কুমগী নোংহৌ লাক্লগা
লাইজনা নিক নিক লাউরগা
ইংলগনি মালেমগী চাক্লবা থম্মোয়
গুলাপসু সাৎসনু খোইনিংসু সকসনু
নাকেন্থাগী অকংবা উনাগুম
সেন্দ্রাং চবুন চবুন কেললকসনু
তপ্না ঈপোম নাইনা মথং মথং
মোমোন নোকউ উরগা নঙসু
নুংসিবা যাওদ্রবদি কংলগনি মালেম।

# লাইরবীগী থোঙ্গান্দা

অপিকপা উগী মুর্ত্তিদা
স্বযং ভগবানবু ফংজবা
নত্তে ঐদি লাইবককফবী মীবাদু
নত্তে অদুক চানবীবসু নঙনা।
সাথেক অহুমগী মুর্ত্তি
ঙমখৈ নাইদ্রবা অতিযাগী কুচু
নোংথাংনা নঙগী ফিজেৎ
চুমথাং লুহুপনা থৌগললিবা
মবোল অহুম সুমহৎলিবা সুব
পীবীগনু অসিগুম্বা অথুপ্পা কপ
অপংবীনা কবম খঙগদগে।
ফিজেৎ ফিগায সেৎতুনা
চাদবনা কংলবা সক্তমদা
লেপ্পীববো লাইববীগী
তবক্রবা থম্মোয থোঙ্গান্দা
হাপচগে থবায় অসে
ভিক্ষাবিগী হাংলবা ফিগাউদা।

ইদু নিংথৌ

# থোংনাউদা ব্রহ্মপুত্র

করিবু হেনবগে নঙগী লোক্তাক্কা
অশংবা মেদিতরিনিয়ানসু সংজসনু
ঐঙোন্দসু মুন্না য়েংলো লাউ
ইনাক্তা নক্কা তারো লাও।
লোৎলিবনি ফজবা অমদি তমথিবা
নিংথমগী কংথরবা ঈচেলসিদা
লোৎলিবনি ৱাবী মতম কযাগী
মাযথিবা অমদি মাযপাকপা।
থাজববা নহাক ঐ অসে
হিমালযগী থম্মোয়দগী চেন্থরকপনি
অদুক লূরম্মী অদুক শেংলম্মী।
কবি অমুক খঞ্জানরিবগে
চৎলসি লাকলো চোংথরক্লো
অৱা-অনা মৈচাক ময়াম অসিগা
তমলসি অপাকপা ঈপাক।
মফম অদুদদি ওইবগনি অমতা
লৈবরোই খেনবা অমুক।

গৌৱাহাতী ২০০৩

# তৃসনা

পুন্সীগী পাত্রদা পিক থন্না যাওরিবা
খৌবাংবা
মতম চুপ্পগী লেঙদ্রবা লোয়নাইদ্রবা
ঈখৌ,
অমুক্তসু কোক্লবোইদবা
পুন্সী চেংজেন্না খমথ্রবসু
চাক্তুনা লৈহৌবগদবা
ঈখৌ।
খৌবাংবা অদো ঐহাক্কিনে
থকপিযু ইবুংঙো নওগীদমক্কি
কোকচগে মদুতদা মৈচাক পুম্বা।

# লমখুনু

পুন্সীগী অহানবা মরুম কোকচবতা ঙায়রিবী
লমখুনু মমা অনৌবী পোঙনা ফমজে
মসাবীনা সাবিবা অপিকপা মহুমনুং।
অহানবা মহৈ পানখিবতা ঙায়রিবা
কাবক কাবক পুঙজরবা হৈনৌ পাস্বীনা
মখুৎ খুবাম তিংথোক তিংথোক
ঙাকচৈ নোং নুংশিৎ নুংসা।
অয়ুক্কী অনৌবা নুমিৎকী মসেক্না
হুরান হুরান লিথসিলকই য়েংনিংবনা।
মহুমনুংগী লমখুনু মমাদি
কনাবুসু উরুবা সংজদে
মমিৎ তগুপ তগুপ ঙায়জরি
মালেম অমা য়াকাইরকপা
লৈ অমা থিনগৎলকপা।
খুৎ লেংবা অঙাং অমনা
খংহৌদনা দোং কাপথখি

কুম্মে যেংজবিবা লমখুনু মপা।
লমখুনু মমা মঙক চোযখিদে
ফম্মী লেংদনা চেকসিন্না
মমিৎ অনিদুদি যেংজবকই
তঙক তঙক।

## হিংবা

থম্মোয় করিগী লাংতক্লগনি
পুন্সীগী ফজবদি হিংবনি
লৈজসনু এভরেস্ট তুমীন্না ধ্যান্দা
সিংচসনু মালংবা মনিং মখা তম
লোয়নাইদ্রবা অতিয়া ওমখৈদা
চেস্তজখিসনু চীংনুং ঈচেল
য়ৌনিং য়ৌনিংবা মফম পামজবা ঈপাক
সক্র সক্রদুনা সকনিং সক্লিংবা ঈসৈ
হিংমিন্নখিসি মরুপ নুংসিবা
পুন্সী মিকুপ মিকুপ মপোক লাংঙোন খুদিং
থক্লদুনা লৈহি লোৎলিবা লৈকা খুদিং
পুন্সী পামেলদা সাৎলিবা লৈরাং লেপ্তুনা
ঋতু ঋতুগী মতম মতমগী।

# লোইদাম থাজ পাখংবা

সুক্না মমলবা লম্বীসিদা
নওগী ফজববা মঙালনা
থম্মোয অসে পাথোকলে
ঐগী অবোইবা অতিযাগী
নোংচুপ চীংযাং পক্না
ঙাক্লিবা নদোম চিক্না
হে লোইদাম থাজ পাখংবা।
লেংদনা ঙানবিখো তাখিনু
মংলানসিদা ফংজগে নঙবু
লাইস্না ঐগীত ওইনা।
ইংলবা থাবলনা কুপলবা
মংলানসে ঐগীতনি ঐগী
মপোক মপোক্কী কর্ম
লৈতে কনাগী পাঙ্গল সক্তি
মংলান অসিবু মুনখিনবা
মুংথংখিনবা মৈবাসে।

ইদু নিংথৌ

# তারমদাই কোরৌ

খাওদোকখ্রবা লবুক্কী মালংদা
তারমদাই কোরৌগী সনা মসেক্তা
খুঙ্গংগী হাংহৌরবা সান্নবুং
মনিং তম্না চেন্দুনা সান্নরিবা
ফি থুংদ্রবা অঙাংসিংগী মীনোক্তা
উফুল হৌরবা পোইনুগী লম্বী
মপোৎ ফারবা সন গারীগী
কে কৌ কে কৌ গী নুংসিরবা খোম্থাং
কোকসেৎ লৌথোক সম্বুল থাদোক্লুনা
তপ্না তপ্না উইথরক্লবী লোক্তাক
তাম্না উবা ফুমদি য়ুমগী
নাইতোম তনিক্লবা মৈরা
সুত্রেক নাত্রেক নেৎথৎপিখ্রবা
ইচোয় চোয়রবা ঐগী সৈরেংনা
কেরু কেরু য়েংজরকই।

নোংচুপ চীংয়াংদা লৈথখ্রবা
তারমদাই কৌরৌ
কয়াদ ফজরমখ্রবা নঙসে
য়েংঙু ঐগী সৈরেংনা
অমুক হৌগৎলক্লেনে
সামথখ্রবা নঙগী খোঙ্গুল য়েংদুনা।

বাংঙু ১২/১২/০২

# ফুলন দেবী

(১)

নঙগী মায়থোংগী মায়থোংদা
নঙগী মীৎয়েংগী মীৎয়েংদা
কন্নানো অমনা থুপ্পা
তৎতনা উৎলি ইনগীৎ অমা —
ঈপাম্থাগী ঙাওরবা ঈচাউগী ঈসৈ
থামম্বা অহিং নোংলৈগী সমুদ্রা
ওমথিববা অসিবগী থাক্রবা মীনোক।
অদুবু উখি ঐনা নঙোন্দা ফুলন
পাকচিংগী উলেন্দা চেক মোক লাউদনা
মদোম কংসিঞ্জখ্রবা তুলসি
লেগুনা সিম্ফুরিবা ইঙাগী হিক্রবা
মাযথোং।

(২)

শ্রীরামচন্দ্র মক্না ঙাকপি' ঙমখিদ্রবা
মালেমলৈমগী মমোম জনকনন্দিনী
হায়য়্যু ফুলন কন্নানা ঙাকপিগনি
নঙগুম্বীবু।

ফজবা ৱাহৈ নিংথিবা ফিজোলনুং
লোৎলিবা সোরী অমমবদা ইরং রং
হৌজিক্তি সোরী অদু নঙগী খুৎতা
নৎত্রগনা মখোয়গী খুৎতা
ৱা হায়ববু অদু খক্তা নৎত্রা!

(৩)

মীওইবনা সেমজরে ফজরবা সহর কয়া
সাহিত্য কলা সঙ্গীত সাস্ত্রা কয়া কয়া
বেদ পুরান দান ধর্ম্ম অহিংসা নিতী
নঙনা নোকখি ফুলন তৌসিনবসিদা।

পুন্নমক অদো নঙগীদি নত্তে ফুলন
নঙগুম্বীগী সরুক্তী য়াওখিদেনে ফুলন।
মী চিল্লবা সহরগী চেকসিল্লবা সরকারগী
য়ুম

ঈখেংলক্তা তৎলদুনা চোয়জাইনরিবা
নঙগী অনৌবা আসাগী য়েনিং পরেং
ঐসু কপখি ফুলন তৌসিন্নবসিদা।

হৌজীক্তি পোত্থাবা মতমনি
ইংনা চিক্না নুংঙায়না
পোত্থারো।

ওঁ সান্তী ওঁ সান্তী ওঁ সান্তী।

ইদু লিংখোই

# ঙায়বা

নোংমা মহাকপু ঙায়খি
মরি-মতা ময়ামনা ইকোয় কোয়
কোয়সিল্লদুনা বাঙ্গোন সঙ ঃ
ওম্হোক্লা হরাউনা
ওম্হোক্লা লাংতক্লনা
ওম্হোক্লা কীনা
মঙলান অমা মঙফাওনরকপা
পিক্লবা মঙালগী মসেক অমা
অমম্বগী অমম্বা কুয়োম থিনগায়রকপা
নৌনা হুমদোরক্লিবা মাগী
অনৌবা মপোকপু ঙায়রদুনা
ওম্হোক্লা হরাউনা
ওম্হোক্লা লাংতক্লনা
ওম্হোক্লা কীনা
অসিবা অচংবা অনিগী লাংদায়দা।
থৌরাংদি লোয়রে ঃ
ইরু সানদেংনবা ইসিং অসাবা
হোংদোক্লবা অনৌবা ফনেক ইনফি

মরোল তরেৎ লোল্লবা ফৈজুপ কাম্থু
অকংবা লাই নির্মলগী মোনলাং
হিরানমনগী তরেৎ সেঞ্জা হাপলবা
সেনগাও অমদি লোয়নখিনবা নতা লাইথিবী
লম্বীগী চেংজেন, চন্দোন লুবাক, মৈ কাম্বী
পুথোরকলে য়াংকোক, য়াৎপা লোয়রে চন্দুরা
তন্না লাংখ্রে, ঙহাক পোখাখিনবা অনৌবা সঙ্গায়
সাবী থংলেন নমান মচাগী
সুমাং মথৌবুংদি খাঙেনফম
নঙগী অনৌবা মপোক্কী য়াইফ থৌগী
অসৈ লাংঙম ফাবা
ৱাংলেন পুঙ মখুৎসু থাগোন্না
তরেৎ সেঞ্জা য়ৈরদুনা
ঙায়রদুনা লৈরে নঙগী পুন্নমক্কা
সকপিনবা তেংথা নাওইসৈ
নঙগী অফথৌবু সৈথাদুনা
নঙবু পাম্মুনা নঙবু নুংসিনা
সকপিদুনা সোনবীদুনা কোলোয়নবা
নচা নসু নপুরোইবা
নচিন-ননাও মরি-মতা
সাগৈ-নাতৈ নরূপ-নপিজা।
থৌরাং লোয়খ্রে অনৌবা লমদম পাংনবা

*ইদু লিংথৌ*

হিরু য়াওদবা হিনাও পান্দবা হি
হা হি হা হি
হি নঙবু হোন্দেদা
লাইনিংথৌবু হোনবনি
লাইরেম্মাবু হোনবনি
হি ও সমদে করেংঙা
হি ও সমদে তরেংঙা।

নোংমা মহাকপু ঙায়খি
মরি মতা ময়ামনা ইকোয় কোয়
কোয়শিল্লদুনা বাঙ্গোন সঙ ঃ
ওষ্থোক্লা হরাউনা
ওষ্থোক্লা লাংতক্লনা
ওষ্থোক্লা কীনা
মঙলান অমা মঙফাওনরকপা
পিক্লবা মঙালগী মসেক অমা
অমম্বগী অমম্বা কুয়োম থিনগায়রকপা
নৌনা হুমদোরক্লিবা মাগী
অনৌবা মপোকপু ঙায়রদুনা
ওষ্থোক্লা হরাউনা
ওষ্থোক্লা লাংতক্লনা
ওষ্থোক্লা কীনা
অসিবা অচংবা অনিগী লাংদায়দা।

থৌরাংদি লোয়রে ঃ
ফুঙ্গাদা মৈজাও হৌখরে
ঈসিং অসাবা খুদেং
অনৌবা নিংথা নাহোং
খোমইন্নবা খোমনৌবী
হৈবীমনা সিংজু ঙমু অপেৎপা
ফৌ সংবাই অচোনবা
ঙারী পরেং অচুম্বা
খোইজু লৈখাম তাইরেন
য়াইরোং সিং থুম কাগুপ।
হংঙা হংঙা লাউ
খুদুম অনি সিঙ
নখোঙ নখুৎ কাউ
ও খোংনা লাউনা খোংনা কপ
ওহোক্লা লাকনিংদনা লাকখি নঙ।
নঙনা হেক থুংলখিবা মিকুপ্তা
ঙায়রম্বা মখোয়না নুংসা মপি হোন্দোক
ওকখি নঙগী অনৌবা মপোকপু
কয়াদি হরাউনা কয়াদি পাম্মুনা।

খঙলবসু মখোয়না পুন্নমক
তেংবান্দা লাকলগা করিগী নঙনা কপখিবা
তেংবান্দা থুংলবগা করিগী নঙনা রাখিবা

মদু পুম্বা লোৎসিন্দুনা নুংদা
ওকখিবনি নঙবু তেংবান্দা নুংসিনা
নঙগী অনৌবা মপোকপু তরামনা।
নঙগী য়াইফ-থৌগীদমক
নঙবু য়াংকোক্তা হাপ
সিন্নখিবনি অপোকপী পলেমদা
ফুঙ্গা লাইরু মৈনা য়াইদ থম
তেংবান অমদগী তেংবান অমদা
সিন্নখিবনি অপোকপী পলেমদা ঃ

হা নুপী সনা পাম্বরা
পামদে ইচা পামই
হা নুপী লুপা পাম্বরা
পামদে ইচা পামই।

নঙনা হেক চৎখিবা মিকুপ
নঙনা হেক কানথোকখিবা মিকুপ
নঙগী অনৌবা মপোকপু ঙায়রম্বা মখোয়না
অরা পোপথোকপগী নুংসা মপি হোন্দোক
লৈহৌরে ওন্না থোয়না খাং
পিরাং সিঙ্থু হিক্লা তেংথা নাওই
পিরদুনা থম্মোয়দা থুপ্না য়াইফ-মঙ্গোল
নঙগী অনৌবা মপোক্কী।
চৎনিংদবগী ইংগীৎ অমতসু উৎলমদ

চৎখ্রবসু নঙনা হরাউ হরাউ
নুংঙায়বগী পিরাং সিন্থু
নপোৎ নচৈ য়োমসিন
মতম লোয়রে খঙনা
তেংবানগী অৱাবা পুম্ববু
নুংসা মপি ওইনা হোন্দোক্তুনা থনম
নুংঙায়খিবা পুম্বনা নিংসিঙ লমায়দা পু।
খঙইনে মখোয়না
নোংমা লোয়না মথং মথং চৎখিগদবা মখোযনা
করিগী নঙনা চৎনিংখিবা
অদুবু মদু পুম্বা নুংদা লোৎসিন
লৈহৌরে ওন্না থোয়না খাং
পিরাং সিন্থু হিক্লা তেংথা নাওই
পিবদুনা থম্মোযদা থুম্না যাইফ মঙ্গোল
নঙগী অনৌবা মপোক্কী।

নোংমা মহাকপু ঙাযখি —
মরি মতা ময়ামনা ইকোয় কোয়
কোয়সিল্লদুনা ৱাঙ্গোন সঙ ঃ
ওস্থোক্লা হরাউনা
ওস্থোক্লা লাংতক্লনা
ওস্থোক্লা কীনা
মঙলান অমা মঙফাওনরকপা

পিক্রবা মঙালগী মসেক অমা
অমম্বগী অমম্বা কুয়োম থিনগায়রকপা
নৌনা হুমদোরক্লিবা মাগী
অনৌবা মপোকপু ঙায়রদুনা
ওম্বোক্লা হরাউনা
ওম্বোক্লা লাংতক্লনা
ওম্বোক্লা কীনা
অসিবা অচংবা অনিগী লাংদায়দা।

হা হি হা হি
হি নঙবু হোন্দেদা
লাইনিংথৌবু হোনবনি
লাইরেম্মাবু হোনবনি।
হে থবায় মঙামক মিগা থানা তরুকমক
থবায় নঙবু কোনগে লাও বাকয়ে থক্তা কোলমগে
থবায় ঐনা য়ারকলে বাকয়ে হিবু হিগারকলে।
হি ও সমদে করেংঙা
হি ও সমদে তরেংঙা।

# কাং নুমিৎ

ঙসিদি কাং নুমিৎনি
হে ভগবান নুমিৎ অদো ঙসিনি
ভক্তসিংবু নখোংনা থোংনা
নমিৎমক্কা যেংবিবগদবা
ঐখোযনা ওইনা নহাকপু
ঙায়বদুনা লৈবগদবা নুমিৎ
নুমিৎ অদো ঙসিনি।
হীরা মনি মুক্তাগী বাংলবা মন্দিব
নঙগী অকোযবদা পন সাবিবা
চিবোন খাবোনগী সমুদ্রা
অনৌবা বাহে অমতা হাপচিন্দ্রবা
হঞ্জীন হঞ্জীন নুমিৎ খুদিং
তৎতনা থিববিবা স্লোক পবেংসিং
পুন্নমক অদো ছন্দোকলমদুনা
লাযববসিংবু কোযনা যেংবিবগনি
লাযববগী থোঙ্গান থোঙ্গান্দা।

ইদু নিংথৌ

কেৎকু লোৎপী সান্নদুনা ঐনা
ওকলমলোয় থোঙ্গান্দা পুজাগী পাত্র
কোয়দুনা লংদুনা লৈথোকনি
কাং নুমিৎকী কুম্মেদা তাওদুনা।
ঐ খঙই খঙইনে ঐনা
ইন্নরক্কবনি তুস্মীন তুস্মীন নঙনা
লিরক্কনি খোঙ্গুল পরেং পরেংদা
ঐনা য়াম্না পামজবা
তুলসি মনা অমদি মঙ্গলগী পরেং
পুরদুনা ঐগীদমক নঙকতগী হকতোক
নদোম তুস্মীন সোল্লদুনা
'কদায়দনোনে ঐগী অঙাংদুবো' !
মঙ্গল পরেং অদো সিরদুনা ইঙক্তা
কয়া পোঙজগবা কয়া পেনজগবা।

নঙনা পিবীবা ঐগী মঙ্গল পরেং
ওইরগনি ঐগী ঙামোক
বামৈদা ওম ফু ফু কাম।
নঙতনি হে জগনাথ
অদুনবু কৌনবনি নঙবু জগনাথ
মপোক মপোক খুদিংদা

কাং নুমিৎতা নঙনা
চৎকদবা লম্বীগী লম্বী লম্বীদা
ঙাযবদুনা লৈজবমগে
উফুলথক্তা অকেনবা লৈবাং ওইনা।
ঙসিদি কাং নুমিৎনি
হে ভগবান নুমিৎ অদো ঙসিনি
ভক্তসিংবু নখোঙনা থোঙনা
নমিৎমক্তা যেংবীবগদবা
ঐখোযনা ওইনা নহাকপু
ঙাযবদুনা লৈবগদবা নুমিৎ
নুমিৎ অদো ঙসিনি।

# মঙাল

মাযা দেবী ভার্জিন মেরী
মখোযগী সিযোম নুংদা নাওপুজখিবা
নত্তে মখোয নুপা অমতগী মচা।
লান লন নুপীগী মিহৌবনা
মাগী ওইবা
সেমখিবা মহৌসানা মাগী খল
ঙাক্লবা,
নত্তে মখোয নুপা অমতগী মচা।
নোংমা মোজেসনা মোংসোং'মদা
উখিবা মঙাল
অদুগুম্বা মঙালনা মাগী ওইবা
থবায অসেংবনা চংবীবক্তুনা
মঙালবু নাওপুজখি মখোযনা
মালেমদা সান্তী পীবীনবা।

মঙালনা চংজখি নুপীগী সিযোমনুংদা
পোখাদুনা লৈজখি থাবুম তরা
কবিসু খঙজদবা নৌববা নবা ওই
থকচদুনা খোল্লাং সান্নজখি ওন্না থোযনা

নুপী নঙগী থোৎলবা নথাদা
কোনজদুনা য়োকচবকখি মঙালবু
নুপীগী নৌরবা পাম্বোম অনিনা।
মমাগী মতৌগুম্না পায়খিদে মখোয় খুৎলায়
নুংসিবতনা জয তৌখি পাক্রবা মালেম।
সনা খোংনাং পাম্বী মখোংদা
চংজদুনা মসানা মসাগী নুংদা
থিজখি গৌতমনা মঙালবু নুংদা
ইংনা লেংদনা ঙাল্লিবা মঙাল
ফংজখি ভগবান্না জগৎ সান্তিগীদমক।

ইদু নিংথৌ

## য়াং অহল

১

য়াং ঐগী তাইবং হী ওইরম্বা
মথোৎ কারকপদা ঙায়রিবা
য়াং ঐগী হকচাং নুংসিবা
মতম লোয়রে চৎলসি
মপান নাইদ্রবা খমনুং সবা
তম
খমনুং কিকোয় লৌওনবীগী
মসুমাং
সিবু করি নোংদমনো কল্লকই।
মৈতৈ কংলাদা পোক্লগা
করিগী চেংলৈ ঈদি ওইরম্বা।
চেংলৈ ঈদি ওইরগা
করিগী চেংলৈ লঙ্কা সাৎলমদবা।
ইপন পম্বৌদি পোক্লাবা
চিংজেন নারন্দী পাঙ্গনবা
চেংলৈ মরমদম থাদুনা

পোইরৈ খংদনা তামখিবা,
পন্থৌ মক্তা কৌসি ফংজদে
পলেম ঐগী অমত ঙায়জবী
নুংসিবদগী নুংসি থোয়রবী
পাম্মুবদগী পাম্মু থোযরবী
কংলৈ নিংথৌ মপারী চংখোনবা
মপা মতোন্না চীংগুম কোয়রিবা
মরৈপাক্লা পাম্বোম তিংদুনা লেপলিবা
সানৌ লৈবাং অতোনবগী মওইখি।
হন্না মক্ত যেংবদা কনা লৈখিদ্রে
যাং কৌবা ঐহাক্কীদি তোল্লিদা
সিবু করি নোংদমনো

কল্লকই।

কল্লক খম্বন খাম্বী মৈখুনা মম
লংজরুরে লংজহৈদ্রবা ইরাল
য়াইবী লৌগে তেমশিংলুবেনে
য়াং ঐগী ইরেমখাক্কী নব্বা
নুংশিবদগী নুংসি থোয়রবা
ইসানৌদি কোন্না হুনবা লৈরাংতোন।

ইবান্না হিপোৎ ফারবা
চেংলৈ ইরমদমসু চায়খায়খ্রবা
কংলৈ মণ্ডসু তিনফদ্রবা

য়াং ঐগী সমু হকচাং নুংসিবা
পুদুনা চৎপা তাখ্রেদো
মপান নাইদ্রবা খম্নুং সবা তম
খমনুং কিকোয় লৌওনবীগী মসুমাং
সিবু করি নোংদমনো কল্লকই।

২

কদোমদগীনো অহিং তাংলৌ চিক্লবদা
তারিবা তান্না তান্না মিরবা খোঞ্জেল
কনানো খোংলিবা তৌদ্রি থম্মোয় নুংহিক্লনা
থুগায়বিরে খোম্লেন মংলান ইংলবা
খোয়রাংহল্লে পুক্লীং লাংতক্লবনা
নুং পান ওলহনবীরে ঐগী থবায়
হন্না হোৎনজবা হন্না তুমথজবা
হেন্না খোয়রাংহল্লে নিঙোল পুক্লীং
কনানো খোংলিবা তৌদ্রি নুংহিক্লনা।
সুক হকপা সুক নুংঙোনবা নুংশি খোঞ্জেল
মংলা হারা ঙসি অহিং
লাক্লবরা লৌওনবীনা তৌদ্রি খোঞ্জেল ওন
কৌরিবরা কনাগী নাক্তা নুংশি বাখৈনবা
করম্বা হৌখি মপোক্কী করম্বা বাসক্কী।
সুমাং উরোং খিল্দ্রীবী
ইথায় কায়রেম্বাগী মমোম সাফবী

নাসোন পিক্লা নিঙোল য়াতাফম থাদোক
থোংজি নাতৈ লোম্না কাং খুৎসু সোরী চেৎ চেৎ
মংদা চৎপা কনাগুম চুরী তাফম নাম্ছোকখ্রে।
পম্থৌগী তাউবা সাদান হুইদি হুইথৌ লাবা
অহিং চুপ্পা কোয়না হিংগোল চিথেক থুংলু
অহিং লোয়রক্লে খংনা মমিৎ নামদি পাংথোক
মনা নামদি থাংগৎ ঙহাক ঙহাক উইরম্বা
হৌগৎলক্লে হন্ন ইঙক ঙক ইন্নরক্লে মবেম্মগী তুং।
খংহৌদনা খোংলবদা হুইনা
হন্না হন্না হৌনা চপ লেপ
মীকপ থোরক্লে মংদা চৎলম্বী
ইথাই কাইরেম্বগী মমোম সমফবী।
মীকুপ'মদা থুংলরগদবা মসাবী কোরৌবু ঙাইজ
ঙ্রাঙানবা মায়থোং পারবা লৈচিল ফিরুকনুংদা
ওম্থোক্লা কেজরম্মী অয়ুক লাইরেম্বী
সংবান্নবী ইথাই তুরেলগী ইমাই থুংনা
তোর্ব্বানগী নুংসি লৈঙোয লৈনম চায়সিন চায়সিন
হুমদুনা সান্নরম্মী অয়ুক্কী খিংলবা নুংশিৎ
তুরেল খোংনুংদা হায়থ হায়থরিবা
অপুংবা উয়ুংগী অসংবা মসা মরেংলক্তা
লৈরে করিনো উতুপকুম্বা অমা পল্লদুনা
হন্না হন্না য়েং হন্না হন্না খোংলি

পঙ্খৌগী তাউবা হুইদি হুইথৌ লাবা।
করিনো সিদি অসিবনা ঈশৈ সকপরা
অচংববু কুমায় চনসিন্নব্রা!
মিকুপ'মতনি চিংনখিবা
লিংজেন খাবা কাইরেম্বগী মমোম
খ্বাংচেৎ মুক্কা চেৎ লাকসিন
চোংথদুনা ঈপাক ইনখৎলক্লে ইন ইন
হিরু য়াওদবা হিনাউ য়াওদবা হি
অকি অঙক খংনিংবনা তথক্লবা থম্মোয়।
য়েংলগে ঙসি কোরৌ নোং
খোয়য়ুম লাইরা তাইবং মীরা
অসিবরা অচংবরা ম্বাফংনরগে ঙসি নোং
ফিরৈদগী সোরী সৎ হাংদোরক্লে কুমায়
কনানো খোংলিবা তৌদ্রি নুংহিরুনা।

৩

ইঙক ঙকখ্রে ইথায় কাইরেম্বা
লমন খুমনিংবনা ঙাওখিবা থম্মোয়
কলক পেননিংবনা ঙায়ঙমখিদবা পুক্নীং
করি থোক্লরে মিকুপ'মগী তুং —
খুদুম চেৎলম্বা মখুৎসু থাংলেন
মদোম তাজখ্রে ইচায় চায়রবা পয়ারক।

মেমচৌবী

নিঙমদ্রবা মীৎয়েংনা সানখৈবক্রে
ইঙাং পাকতক্লা ইমুনা পামফেন্না
নিক্লবা মখুৎ অনিনা
খোমগৎলক্রে মাংদা তাবিবা
চেংলৌ হেল্লবা লাল্লু চোমায।
সুক চংখোনবা নঙনা কবি থৌগী লোৎলম্বা
কাইবেম্বা ঐগী কৈখাদা থুপনা সৈদাং
পলেম পঙৌ কনাগী কবম্বা পাবীনা
কবি বাগী অসুক থিবা নোংদম'মা
ঙাযবদুনা লৈবমবোইবে কল্লকই।
ইমোম মাগী সিযোমনুং
অনৌবা মপোক্কী মীতমলিবা
কাইবেম্বা ঐগী ইসু সুনাও ওই
ইসু মাবু নাওযোক নাওকোলকপনা
সিংলগে নঙগী লমন লম্লানবা
লিংজেল খাবা কাযবেম্বা ঐবু বাবৌগনুকো।

ইদু নিংথৌ

## হনগদবা মতম

খংহৌদনা ঙন্না থাদোকখিদুনা
সুতি
ঐখোয় খরদি লৈহৌরে ফমদুনা
ইন্দিবা মচা, বীনো, মেম্মা, রিতা
কবি করিনো পংঙাং ঙাং নোকলিঙৈ
পুং অনিকা হায়বকপা মতাং
তুম্মীন্না থোকখি সুমিলা সোৎ সোৎ।
ঈপান থাগী ঈমায় চোল্লবী তুরেলগুম
কুম থা সুরবী নহা ওইরীবী সুমিলা
চোকথনা ঙায়জরবনি মপুরোইববু।
হংনবকই মহৈ মহৈ খুন্নরকই মহৈ মহৈ
ওজা মেম্মানা হায —
'তনখ্রেদা ঐদি পুং মরিফাও ঙায় তাবে।
...
'ঐগীদি ইথন্ত হনখ্রনি, য়ুমদবু চংলুসিরা
কৈনো'।

অদুদগী অমুক চৎথবকই হান্নগী বাবীদা --
লিবু লিবকই ইন্দিবা মচা
অদুগুৈ মাগী যেলহৌ বাবী
হন্না হন্না লিদুনসু ইনৌদ নৌবিবা
হন্না হন্না তাদুনসু তাদুনা লৈনিংলিবা
অমুক হল্লকলবোইদবা হৌখ্রবা অযুক
মুনথদুনা তানবি অমুক্তা তাখিদ্রিগুম
কনাসু কাওনদনা হনখিগদবা পুঙফম
লৌবীবগদবা কনাবু লৌবীবগদবা পুঙফমদা।

খঙজদে ঐদি হনগদবা পুঙফম
কবি অমতসু হাযবমদনা চৎখ্রে নঙদি
অদুবু ঐ খঙই লাকনি সোয়দনা
মতমদু যৌববদা ঐবু লৌবিববা।

ইদু লিংথৌ

## ঈথক ঈপোম

নঙগী লোয়নাইদনা পাক্লবা
মহাময়াগী ঈপাক ঈরেনসিদা
পিক্লবা ঈপোম অমথক্লী ঐহাক্তি।
হোৎনজরম্বনি অমুক্তদি সোকচরমগে
তোর্ব্বান থক্কী লৈঙোয় লৈরিক'মতং
তিনখিদ্রিঙৈ অমত ওইনা ঈপাকসিদা
খংদনা ঙায়রিবা মথংগী মিকুপ্তা।

হৌবক্লি ঈথক পরেং পরেং
মথেক মথেক লাও খোংনা
কনানা খঙবগে করম্বা ঈথক্লা
সোকলম্বগে তোর্ব্বান থক
কনানা খঙবগে কবম্বা ঈথক্লা
সোকচবা ফংদনা হনবা তাখিবা।

লাও খোংনা চেনসিলক্লিবা ঈথক্লা
করম্বা

লাও খোংনা হন্দোকখ্রিবা ঈথক্লা
করম্বা।

মাযথিবা অমদি মায়পাকপগী সুরদা
মসিং লাকওমদ্রবা ঈথক্লা সারিবা জগোয
মাযথিবা মাযপাকপা মাযপাকপা মাযথিবা
কনানো য়ৈরিবা পুঙ খঙদবা তৎপা নাইদনা
কনানো সারিবা জগোয় নানথোকপা ঙমদনা।

নঙনি পুন্নমক
নঙনি লেঙদবা
নঙনি অপেনবা।

ইদু লিংথৌ

## মুৎথৎপিরো

১

সকখঙদবা নঙতনা খংবীবনি
পুন্নমক
সকউদবা নঙতনা উবীবনি
পুন্নমক।
মথাদগী মচা কয়া মপাং কয়া
সেৎতুনা কায়নহনবা ঙম্বা নহাক্তনা
ওইরিবনি লোয়নাইদ্রবা মীনুংসিগী
ঈপাক।

২

সৈথাবা হৈবা কবিখক্তনা
ইখিবা নত্তে নঙগী নমিং লিসিং লিসিং
দোলান্দসু অদুগা খাংপোক্তসু
পুন্সীদা ইরাক্লরিবা লিসিং লিসিংনা
ফংজবদা নঙগী থৌজালগী খুৎ

মতোম মতোমতা ইজবকপনি

মাগী মাগী থম্মোয থম্মোযদা থুপ্না

মানা মানা ফাওজবকপা খঙজবকপা

অদুম্না ওইখিবনি নঙগী নমিং লিশিং লিশিং

৩

লাকলো লাকলো অহাঙবা

তপ্না তপ্না মুথৎপিরো সেংনা

থম্মোয থন্না তৈবি চুবি পুম্বা

নিংসিঙ লমায় থন্না লিজবকপা পুম্বা

তিলহনবীরো ঐবু অহাঙবদা

মুথৎপিদুনা ঐ হায়বা মমিংসু।

ইদু লিংথৌ

## নির্বান

পুক্নীংগী থুপলবা সোংলবা উমংদা
তমথিরবা সা কৈশিংবু মায়য়োক্ল
পুক্নীগী য়াকলবা নোংজু-নুংসাদা
সনা কোনুংগী রাজভোগ মোন্দুম-মোম্তেক
সনাফিগে লৈতেং পুম্নমক হন্দোকলম
নঙতগী ধ্যান্দা কৎথোকচখিবা
গোপা ঐগী মপোক অসে
কয়াত ফজরমখ্রবা!

হে সিদার্থ
নঙতনা ঐগী লেংদ্রবনি,
ফংজরে মঙাল কুইরবগী তুংদা
তেংবান অসি করিসু নত্তে
নুংসিবনি।

নহাকতবু নিংজবা নত্তনা
খঙজবা লৈজদে পাপ অমতা

লৈজদে কিজবা অসিবগী অচংবগী
গোপা ঐগী নির্বানদি মদুতনি।

হে সিদার্থ
নঙতনা ঐগী লেঙদ্রবনি
হৌখ্রবা, হৌজিক অমদি লাক্কদৌবা মপোক্কী।

# মিকোন-থাগোনবা

থোঙলেন অবাং কৌবা
চীং থংলা পাংবা লমদা
নদাইরেমনা সৈদমজ
হয়ি হয়ি হায়না
হয়া লাউনা চিনসোন্না
থবায় মিরেল হামপোইবা
পুন্নমকপু কোনসিনলমগে
হয়ি হয়া হয়ুম।

লোইরবা

অরাম্বম ওংবী মেমচৌবী (ইবেমহল) ১৯৫৫ দা কাকচৈংথেল মোইবাং পুরেল লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। সগোলবন্দ মৈনো লৈরক ইম্ফালদা ওংই। মণিপুর য়ুনিভর্সিতিদগী এম. এ. পি. ঐচ. দি. দিগ্রী লৌই। হৌজিক হৌজিক সি সি হায়য়র সেকেন্দরী স্কুলদা ওজা ওইদুনা লৈ। হৌজিক ফাওবদা সৈরেং, ৱাবেং অমদি সাহিত্যগী নৈনবা যাওনা লাইরিক তরা ফোংলে — **নোংগৌবী** (১৯৮৪), **অন্দ্রোগী মৈ** (১৯৯০), **লৈতেং** (১৯৯২), **সন্দ্রেম্বী চাইস্না** (১৯৯৩), **ফৌ চারোং** (১৯৯৫), **ঐগী পলেম নুংসিবী** (১৯৯৮), **বাকমা মাইবী** (১৯৯৯), **হাওরৈমা সুম্বুবী** (২০০০), **য়ুরোপ্পাগী মপাউ** (২০০১) অমদি **ইদু নিংথৌ** (২০০৫)। **মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীগী খোঞ্জেল** (২০০৩), সাহিত্য অকাদেমী নিউ দিল্লিগী ইদিতব ওইখি। লোয়ননা খাইদেম প্রমোদিনী গোল্দ মেদল ফোর লিতবেচব ১৯৯৫, জুনিযব রিছার্স ফেলোসিপ (H.R.D., Deptt. of Culture, Govt of India) ১৯৮০, যুনেস্কো অসচর্বগ ফেলোসিপ (Paris) ১৯৯৭ ফংদুনা ইজবেলদা মতম খবা, যুরোপ্পা পোইত্রি তুর অমা ওক্তোবরদগী দিসেম্বর ফাওবা ২০০০ দা চৎলুবে অমদি সেবাম মুক্তা মনা ২০০৩ ফংখ্রে। সাহিত্য অমদি সমাজগা মরি লৈন্ননা মীফম কয়া ইন্দিয়াগী মনুং অমদি অপান্দা য়াওকবে। মণিপুরী লেঙগোইজ এদভাইজরি বোঁদ সাহিত্য একাদেমীগী মেম্বরসু ওইরুরে। ইংলিস, জর্মন, ইতালিয়ান, কর্নড, বেঙ্গালি, হিন্দী য়াওনা লোন কয়াদা হন্দোকলবা কবিনি।



**মেমচৌবীগী খুৎহৈদা খনগৎলেবা মীৎয়েং খরা ঃ**

অমুক্তা উখিদ্রিবা মায়থোঙ অমা মণিপুরী সৈরেংগী জগৎতা ফাওরকপনি।

**লোংজম জয়চন্দ্র সিংহ**
আকাসবানী ইম্ফাল, ৯/৫/৮৫

Memchoubi, the social activist related to faminist movement writes with rigour and passion ...

E. Nilakanta Singh
**Indian Literature No. 148, 1992**

মেমচৌবীগী ... কবিতা পারগা ফনা য়াম্না নুংঙাইবা ফাওই। পুক্নীংদা চোকথদুনা লৈবা মতমদা মহাক্কী কবিতাসিনা পুক্নীংদা ইহুল অমা পোকহল্লি ...।

**এস. ব্রজেশ্বোর**
**অনৌবা মণিপুরী কবিতাগী শক্লোন, ১৯৯৬**

মেমচৌবী, আধুনিক মতুংগী ৱাখল চেনবী, ফেমিনিষ্ট, নুপীগী হক অমসুং মতীংবু খঙবী, সমাজগী অওইববু মীৎয়েং কয়াদগী থুগাই থুগাইদুনা নৈনবী, সমালোচক অমা ওইনা মসাগী ফিরেপ অমা লৌদুনা সহিত্যদা উৎলক্লিবা নেরেটিভসিং মচীন থৌনা নৈনরিবী অইবী অমনি . . .।

**লৈমপোকপম দামোদর**
সাহিত্যগী পাউ, ৩২ সুবা মসিং ২০০১